# " থাইন-নোংহাইন "

—:{ * }:—

লেংজবা :—

নাওরিয়া ফুলো

( রিটায়ার পুলিশ সব-ইনস্পেক্টর )

লাইশ্রমখুন মমাং লৈকায়।

( কাছাড় )

( অপোকপা চহিরোন তঙ্কক )

১৯৩৬ ইং সজিবুথা

মমল লুপা ১৲২৫ তনি।

# মাহৌদোক

থাইন অমস্তুং নোংইন কৌবা লাইরৈবাক্কী চেক্লা অনিনা খংনবগি য়ারিবু ইসৈ ওইনা লাইরিকসিদা ফোংজরে, লাইরবি ইমারোনগী মনিং থুংননবা লৈতেংদি শেম শাবা হৈজজ্রি মীনা খোংনেৎনবা বক্লা মপানগুম্বা মাহৈ লৈরাংনা লৈতেংজরিবনি। "থবক হৌরগা থবক মশক খঙি; তৌরগা কুৎলি খোল্লগা খোংঙি, তংতবগা তন্দবগনা তাশিল্লগা উইনম্না লিরোনবা হায়বা অহন য়াথং অসিনা প্যাম্বে ওইদনা শৈরেংসি পুখোকচবনি।

মতিক মযাই করি অমতা লৈত্রবস্তু পুক্লিং লাইনিংগি মরিদা কান্নবা নত্রবস্তু, ইমালোননি হায়না খনবিদনা মতম লৈবখিদ্রিক্কা পুখং শৌগৎপিরবদি তৌজমনগি মহৈ য়ালবনি হায়না নিংজগনি।

জোলবা ননাই ঃ—

নাওরিয়া ফুলো

# হুৎ সিদবা

মীতৈ মরুপকী, অপোকপা মরুপকী, মীতৈ ময়েক থাজবা থৌপুবা কাংলুপ্পা মপুগী মনাই লাইনিং অহল নাওরিয়া ফুলো না লেংবিরম্বা থাইন-নোংইন কৌবা লাইরিক অসি মীতৈ লৈবাক্তা অমুক্ত উনম তৌজবা।

মীতৈ মরুপ চহিবোন ৩৫ শুবা।
উনম তৌবা থা পোইন্তু থাবুং ১৯৮০ ইং।

মীয়ামগী ননাই
নোংথোম্বম নরান
লুরাংশংবম।

---

নম্ফমঃ — রেশ্মেল প্রেস এণ্ড স্টেসনারী ব্রাদর্স, লুরাংশংবম।
লাইরিক মশিং ১০০০

## খাইন-নোংইন।

—:{*}:—

তরা খাদা নোঙ্গরি
খুদাক লাইখন সাজরি ॥
অপোকপগি মতিকপু শক্কে শোনগে নিংজরি
লানবা চুম্বা থিবিন্নু তরাদবু নিজরি ॥
হায়জনিংঙি চংখোম্না লৌশিংনদি খেনখরে
মপান নাইদে মতিক্কি ঙমখৈ নায়দে হায়খ্রে ॥
হঙোই লৈয়েংগুম্বনা করিবুদি শোনগনি
তুমিং পাঙ্গনগুম্বনা করি ইতিক ওইগনি ॥
ইচং ইতৌ য়েংবিন্নু অকাই অতোই থিবিন্নু
ময়োন্দবু লৌখংপিয়ু তিংখংবুদি য়েংবিন্নু ॥
তাথি সোনাই খম্বিন্নু ননাই ওইনা পুখৎপিয়ু
অয়োন অরান পুম্নমক খৌজান মৈনা তুমহনবিয়ু
লৌশিং রাংপা মরমনা অমঙ্দা লাঙজরি
অঙাওবগি মতমগুম খুৎপাই চেংনা পাইজরি ॥
তরা খৌজান মৈরানা লম্বি যংগে তাঙ্গরি
তরা পাখৈ পাঙ্গন্না, নাওরিয়াদি ফুলোনা
তরা খৌগন তৌজরি ॥

---

তাইবং লমজাও হৌবুংদা
লমজাওগিদি মম্নায়দা

উপান অমা হৌরে
মশা ময়েং ফনগ্রে।
উয়েনগিদি মথক্তা
মশা ময়াম মরক্তা।

মশা অনি লৈরিয়ে
অথোইববু ওইরিয়ে।
সা মশা থক্তা লৈ
লুপা মশা খাদা লৈ।
ওয়োক্লবু ওকখ্রে
ওয়োক্লবু নিংথিরে।

লাইরৈবাক্তা লৈদনা
চেক্লা অনি তিন্দনা।
লমথোকপগি তানখি
চাক্করুসি হায়নখি।

মতম মচুমক্তদা
নোংপোক মাইগৈ পাংবদা।
থাগি মঙান ফাওরক্লে
তাইবং মৈচাক কোক্লক্লে।

থাবুং থাস্থু মশেক্লা
নোংপোক মাইগৈ সিন্দনা।
চিংনা লেম্না ফাওরক্লে
তাইবং লমজাও শেঙক্লে

ইংনা তপ্পা মাললংবা শিংলে
লৈগি মরূপ লৈকোন্দা শাংলে।
উমং মাইকোই নিংথিনা ঙাক্লে
তাইবং মংদি মথক্কো শাংলে॥
উচেক রায়া খিবিক্লা নিল্লে
খোইমু খোইরা মরুপ্পা ঙংলে॥
কুমৈ ফিয়োং য়েংবনা চুমই
শকপা শোনবা তাবনা থোকই॥
ঙসি হয়েং হায়বগি নত্তে
তাইবং মওং থাবগি হায়দে॥
তংপা কাংবা লৈতবা রানি
ময়েং তাবা নাইদবা ফম্নি॥

---

থাবুং-থা নিম্না থোরক্লে
মালংবা তপ্পা লুমকলে॥
কোকিলনা কুইনা খোংঙিবা
খোইমুনা ফুইনা ঙংঙিবা॥
লৈকোনগি লৈরাং শাংখ্রে
লুংশিবা লৈনম শিনখ্রে।
অয়াম্বা চেক্লা নিলখ্রে
মুঙাইবা কুমৈ ওইখ্রে॥

নোংপোক চিংদোন ঙানগ্রে
মাইগৈ নাপা লংগ্রে ॥
চিংদোন থকপু ফাওবদা লাইজ থাবুং থোকগ্রে
থাইন মবাং হৌগ্রে, নোংইন চেক্লা রাগ্রে ॥
মাইগৈ মুজা হরাওনা জগোই খুদেক শাখ্রে
লমথাং-ফিজি হাইদনা লৈনা লৈনা নোইখ্রে ॥
লৈপি মকুপ শাংপনা যাতা পবেং ওইগ্রে
লাইজ মুজা ইবেম্মা থিকনা-থেনা হরাওবে ॥
তপ্লা হুম্বা মালংবা মালংবগি পাওতাক্লে
লৈবাং লৈনম ফংবদা খোইমু খোইরা পাইরক্লে॥
পংবা খোইমু মকুপ্লা অহিং নোংজা কাউগ্রে
নুংথিননিবু নিংদনা মপৈ মপৈ পাইগ্রে ॥
কাকি তেঙ্গোন মকুপ্লা নুংথিন ওইনা থনগ্রে
পুকচাক মৈনা চাকপস্থু অবেম্ববু ওইগ্রে ॥
কৌজেং হাবৌ মখোল্লা পেনা শরিক ওইগ্রে
শজি সঙাই মকুপকি মবুক্লিংস্থু থুংখ্রে ॥
লৌশিং থিবা লমছুইস্থ পুক্লিং ঙহাক চিনরে
মীবু কিবা মরমনা কিনা থুপ্লা চৎচরে ॥
মকু তুবা রাবশী অরা মৈচাক ওইগ্রে
থাগি সঙান মশেকপু মীচৈ ফুইনা চৈখ্রে ॥

মালংবনা হুম্বনা নানৌ পস্নেং নোমথে
নুজা জগোই শাবীগি জগোই খুংহুৎ ওইথে।
শাংপা লৈগি লৈনানা মিচি লাংলো ওইস্নে
কুমৈ য়েংবা পারিদি মিংচি লাংদা থুথ্রে।
জগোই খোংলৈ রাবনা হুমাং-মরিক ফুদোক্লে
মালংবদি ফুংসিংনা চিক্লা থোগন চণ্ডক্লে।
চিংজুম ইচেন ইক্লনা লৈরোং শমা থুংলরে
রাশি তৌদ্রি মথোন্না থোয়ুম পাওবু হাপ্লরে।
লৈহাও লৈরেন খুজোক্লা ইচেন ইক্ল থকত্রে
লাইজ নুজা লাইরেম্বী অম্না পোথা কংজরে।
নুংশি পুক্লিং থুংহনবা ইপুরোইবি হায়জগে
মহৈ মরোং ওইখিবা অপোকপনি খংজগে।
মপু নিংবা মনাইদি পুক্লিং মন্নোন হুনজখি
নোংমাই ইচিক হুনবদা থাবন কুমৈ য়েংজখি।

———·—

তাইখং লমজাও হৌবুংদা
লমজাওগিদি মন্নান্না।
চেক্লা অনি লাক্লনা
থুনা য়াংনা তৌদনা।
উজাও থক্লা তোংলরে
তোংজম মফম থিন্নরে।
থাইন কৌবা চেক্লানা

অহা অহা অৌদনা।
স্না'মশা কংঞ্রে
নিংজরম্বা থুংজরে ।
চাদি চেক্লা নোংঈদি
মবুক নিংদা নিংবদি।
ওনা থৈনা ওইঞ্রে
লুপাগী মশা তোংথে।

ওস্তোকপা মওং ওইঞ্রে
ওস্তোকপা থৌরম থোকঞ্রে।
থাবুংগী মঙান ফংবদা
থাইনমা থেবা উবদা।
নোংইনগি পুকনিং মহুখি
নোংদম্বা লাইবু রারকখি

ওস্তোকনা রারেন চুমখিঞ্রে
ওস্তোকনা মৈচাক উখিঞ্রে ।
পিনবত্তা পিনঞ্রে
অচানবতবু লৌশিনঞ্রে।

স্নাগি মশা তানবস্থ
পুকনিংনা ফংগে নিংবস্থ।
অরেম্বা থৌরম ওইঞ্রে
থাইননা ইস্নুপ স্নুপঞ্রে।

নোং নোংবু হায়না কৌবনু
তংতনা লাওনা নিবন্থু।
তাবিবা ময়ম লৈখিদ্রে।
থৌজানগি মরিক পিখিদ্রে

নোংদম্বা লাইদি ইবুঙো
অরাবা থংবা ইবুঙো।
থাইনবু থুনা তানথোকপিয়ু
অয়াবা মৈচাক কোকহনবিয়ু।

থাইনগা চুপ্পা হন্নাওনা
অরায় অথুম তৌনা লৈদনা।
তাইবংগি অরা উবিদ্রে
তাইবংগি মৈচাক থংবিদ্রে
ইশিংগী মরিক নত্তনা
নোংলেনগি থৌজান য়াওদনা।

তাইবংদি করি ওইগনি
করিবু য়েংনা পানগনি।
তাইবংদি লেপ্পা মাংলনি
মপুগি কুমৈ লোয়্লনি।
ময়মসি উনা থৌসিনবিয়ু
থাইনবু লেপ্পা তাম্মোকপিয়ু।

খাইন।

নোংইনগি রাইহৈবু খাইননা তাবদা
কলকপা মিহৌবা পুকচেনবু উবদা॥
খাইনগি থরায়দি থোইদোকনা চাকথ্রে
সাওনিংবা মাইথুম্না পুমকুপ্পু কুপথে॥
মশাবু থগুনা খুজিনবু কাংদনা
য়াকনবু চৈদনা চেপ্নবু য়েংদনা॥
নোংইনবু তবদনা খাইননা ফুক্তিল্লি
থোরবা খুজিনবু কাংদনা চোংসিল্লি॥
অপংবা নহাকনা করিবু তাংবগে
মুঙাইবা কুমৈদি করিবু থংবগে॥
অবা-না নংদনা লৈববু তানবনি
তাইবংগি মৈচাকপু কনানা পামগনি॥
অপংবা মীওইনা তাইবংদা তাওবনি
তাইবংগি তমখিবা চিঙাকপু পাম্বনি॥
খাহিবু চুগুনা লৈরিবা ঐহাকপু
মুঙাইবা খুভম্বু পিরিবা মপুবু॥
নংগুম্বা চেক্লানা করিগি চৈবগে
ঐহাকপু করিগি তাম্বোকউ হায়রবগে॥
মঙকতু থংতবা নথৌবায় লৌথোকে
খুজিম্না থোংতুনা নউন্দু হদোকে॥
হৌজিকমক চংথোকউ মকমসি থাদোকউ
হিংনিংবা লৈরঙা শাজেনবু তৌজহৌ॥

নোংইন।

নোংইনদি চেক্লানা মশাবু খগুনা
থাইন্দা ওনজিল্লি লাকচৈদা হায়হৃনা॥
নপাংগন লৈতনা কল্লিনা মাং-ওইনা
করিবু য়েংদনা সাওজবা সারিবা॥
তাইবংগি মুঙাইবা কুমৈবু উদ্রিবা
মপুগি কুমৈবু তাইবংনি খংদ্রিবা।
থাইনগি মমিৎতি করিনা পাংগনি
মপুগি কুমৈদি করম্না খংগনি॥
মোংজু-থা নত্তনা কনানো পাল্লিবা
ঈশিংবু নত্তনা কনানো হিংভিবা।
মপান্দি লৈতনা লৈরাংদি শাংকত্রা
উপানবু লৈতনা উচৈদি য়্যানগত্রা?
করিবু লৈদনা নহাকনা থোইখগে
কনাবু য়েংহৃনা নাপনবু তৌখগে।
চরমছ হোংতোক্কে নমিৎতু তাংহনগে
নোংইনগী মতিকপু নিংখিনা খংহনগে

— — — —

( চেক্লাগি লান )

থাইননা তুহৎলি
নোংইননা ইখোকই।
নোংইননা কল্লৎলি

থাইননা ঙাকখোকই।

খুজিনগা খুজিনগা

সাখিনা হোংনখি

মচিনগা মচিনগা

খুংথিনা তুমখি।

মশাগা মশাগা

মৈচ্রাংদা কমরে।

লেংজুমগা লেংজুমগা

লৌথিনা লৌনরে।

অমনা নম্থখি

অমনা ফুগংলি।

অমনা চিকথুখি

অমনা থদংলি।

অমনা চোংখংলে

অমসু চোংখংলি।

অমনা পাইখংলে

অমসু পাইখংলি।

---

অমম্বগি লানফম্নি

অঙকপগি কুমৈনি॥

চাদি চেক্না থাইননা

অসাওবনা মাংওইনা॥

নোংইন তম্মা চোংশিন্নি
য়্যাকনা য়্যাকনা চৈহংলি ॥
চেক্লা নোংইন থিন্দনা
মমিৎ কোরি ভাংদনা ॥
থাইন থক্তা পাইশিন্নি
থিনা পিনা চৈহংলি ॥
চিনগা চিনগা তুহংবৈ
শাগা শাগা ভাকথোক্লে ॥
খুজিন পোনগ্রাং সানখি
মৈচ্রাং পায়না হোংনখি ॥
ফৈনা ফৈনা চোংখোকই
উমজোং হুন্না চোংসিন্নৈ ॥
মমিৎ কোর ভাংনরে
ঈনা তরং শিনগ্রে ॥
ঈপুরোইদি নোংদম্বা
মনুং মপান ভরিবা ॥
তাইবংগবু লাওখখি
খামজিন্নবু হাগ্নবিখি ॥

---

নোংইন।

**নোংইনন্থ রাপ্রে, থাইনম্থ মন্তরে**
**লাকনবা তোক্তনা চিনফেম্না হাঙ্নরে ॥**

নোংইননা হায়রকই থাইনগি মফমদা
রাখনবু তৌথবো কৌজিকি মতমদা॥
থাইন্দি চেক্লানা রাখনবু তৌরক্লে
মতম্মু উদনা নাপনবু থাদোক্লে॥
তাইবংবু নত্তনা কুমৈবু ওইফদে
কুমৈবু নত্তনা তেংবানবা ওইফদে॥
কুমৈগি মরমগি তাইবংবু ওইহনখি
মপুগি পুক্কিংনা তেংবানবা চোংথোকখি॥
তাইবংবু লৈতনা কনানা খংগনি
মপুগি মিংথৈবু কনানা শোনগনি॥
ইপাকি মথক্তা তাওরিবা লাংনাগুম
অতিওা তরংদা শঙ্গাইবু শাবগুম॥
তাইবংবু নত্তনা করিবু ওইগনি
কনাগি পাওতাকপু কনানা তাগনি॥
ঈশিংনা লৈবগি নিংথৌম্ম লৈবনি
নিংথৌনা লৈরগা লৈপাকস্থ পানবনি॥
ঈশিংবু নত্তনা করিস্থ ওইররোই
মহাকি ঐহাকি করিস্থ নাইররোই॥
ঈশিংগি ভংতনা লাওজবা ঐহাকপু
তাইবংগি ফনবা তৌজবা চেক্লাবু॥
নহাক্কা সোনাইবা ওঙ্খোকনা চুমথিদে
মপুগী থৌসিনবু নহাকনা থংথিদে॥

থাইন।

ঋৈবা চেক্লা নোংনইগি
তাইবং ওইবা মরমগি
ৱারি পরেং তাদনা
পুক্লং য়াম্না ওলাংনা
থাইননবু হায়রকই
মথং সিংনা লিরকই।

তাও তাও নোংইন-ও
লিংজেন কনবা চেক্লা-ও।
য়ায়ৰী থৌরায় নত্তনা
অশৌববু য়াওদনা।
তাইবং করম ওইগনি
ঈরোপুই লৈ হায়গনি।

ৠমিৎ থাবু নত্তনা
অপানবব লৈতনা।
মম্বা থাগন হাংদনা
অমম্বদা লৈদনা।
তাইবং কৈদা ওইগনি
লৌশিং করি থোক্কনি।

লিঙেল লৈরাং শাৎতনা
ঋংশি লৈনম শিন্দনা
লৈপান করি ফজনি

কনানবু পামগনি ।
থাবুং থাবু পাম্বনি
মুণ্ডাই খুভম তানবনি ।
লাইনিং অহন মরুপ্পা
অপাম হুশিং থাদনা
উহৈ রাহৈ চাদনা
মুংশিং খযোম থকুনা ।
মণ্ডাস্তবু তানখি
য়ায়ক খুভম ফংননি ।

---

মতৌম্মুয়া তৌদনা চেন্না অনি খৎনরে
ঈপুরোইনা থক্তগি থামু থামু হায়রক্লে ॥
লাইনিং চেৎপা তাইবংনা মুন্না রাখন তৌথক্লিয়ু
ঈপুরোইগি য়াথংবু ফিগাও সানা লৌশনবিয়ু ॥
কনানবু চুম্মিবা কনানবু লালিবা
কনানবু হেলিবা কনানবু রাৎলিবা ॥
অপোকপাগি মনাইনা য়াম্না লুনা খঞ্জরি
লাইনিং অহন মফমদা খৌরাংনবু ভাইজরি ॥

---

মাইগৈ ভয়া থুমহৎনা নোংবু ফুইনা হৌরক্লে
খোংজা লাংবা ইনিয়া থরক থরক নিকলক্লে ॥
থাবুং থাম্মু কিদনা নোংদোন থক্তা লোংথ্রে

থৌরাম্‌-মিচাক খিবিকস্থু সুপ্না কাইনা মুথথ্রে ॥
হঞোই মরুপ খিবিক্লা চুয়ো চুয়ো হায়থ্রে
ঙাগি মথৈ তিন্দনা মুঙাই খেনা শানরে ॥
য়া-য়া লাওবা ইনিন্না হৈংবগুম্না চুরক্লে
তাইবং মুমু পুম্নমক সুম্বগুম্না তুমথ্রে ॥
লাইজ নোংইন চেক্লাদি থৌরাম্‌ পেম্না থকথ্রে
ভেংবানবগি মপুনা য়ায়ফ থোইরে হায়থ্রে ॥

---

নোংস্থু চুবা লোইহুনা মাইগৈ তরা শেংথ্রে
নোংপোক মাইগৈ পাংবদা চিংথৈ ঙাঙ্রাং হুনথ্রে ॥
অমম্বদি হৌথ্রে অনৌবনা শিল্লক্লে
তাইবং পানবা পুম্নমক নৌনা পাঙ্গল ফগুক্লে ॥
অহিং কুমৈ লোইদনা থাবুং থাস্থু তাথ্রে
থাইন-নোংইন অনিস্থু মহন ফমদা হনথ্রে ॥
য়েননৌ হুনবা র'রিনি য়াম্না লুবা মতাংনি
মথং শিংনা তায়গা লংজববু কোকপনি ॥

---

কুংশিথোইবা চেক্লনি
পুক্লিংকোনগি ময়োম্নি।
মতম কুইনা তাজরে
লাংলো যাম্না চংজরে।
ঙসি মুংনা ফংজরে
পুক্লিং লাংদা থুররে।

পিজনিংবা চিঞ্জাকপু
থুন্না থোইবা মহৈবু
পুক্কিং পেন্না পিজরে
মুংশি চান্না য়োকচরে ।

চংনা লমদাং তাকপিবে
লাইগি নিংথৈ ভম্বিরে ।
লোনগি মচেৎ লোনখিদ্রে
মুডাই ইবাং উৎখিদ্রে ।

ভমখিদবা মরোন্না
ডইথোক্কবা মণ্ডংনা
চেক্লা নোংইন সাবক্লে
'পোক্লেন-লোকপা হায়রক্লে' ।

মপু নিংবা মনাইনা
মপু খোজান ফংদনা
চেক্লা ফংগে তাঞ্জরি
অহন নাক্না চংজবি ।

———

মুংশিদকো খলুবদা
পালিদকো থমোই মুংদা ।
তাইবং মংগা থাইনবদা পাম্ন লম্বু য়ৌথ্রে
কাওবা ভমদ্রে পুক্কিংনা থমোই লকা য়ৌথ্রে ॥

কলকইদকো ঙুরাশ শকতো
উরয়োইকো পামু্ লমদো ॥
কাওগে য়াদে পুক্লিংনা, থাগে য়াদে থৌরায়না
হনবা খনবা মতাংদা চাকখ্রে থমোই মৈরানা ॥
কদায়দনু চংলসিবা ?
কররমনবু লেল্লসিবা ?
ইংফম কাউফম লৈখিদ্রে তাইবং তরং ওইব্রে
পামুবগি মরমদা মথক মখা ওনখ্রে ॥
ওশ্লোকপনি পামুথোইবা!
অরেম্বনি নুংশি থোইবা!
তাইবং রাখন লাকপদা মালংবস্থু হুমম্মে
চিংনুং লম্বেন ফাওদনা ইরাও মখোন লাওরম্মে ॥

———

নুংশিদকো খলুরগা
পাল্লিদকো নিঙ্‌রগা ॥
অরাং মাইগৈ পাংবদা নোংদোন লম্বেন হাংখ্রে
লৈচিন নোংফেন ফাওদনা লাইজ চিংদোন তামখ্রে ॥
পামু্ খোজেন করিগি তাই ?
তাইবং মংনি কনানা হায় ?
মাইগৈ পাংমা য়েংবদা মপু্ লমদম উজরে
স্নাজিং মতোন লোমবদা লমদম লৈরে খংজরে ॥
পুক্লিং পাওদি য়োজখ্রে

ইশ্বজমিংবা ইশৈয়ম্বে ॥

চেক্লা মচু লোনবনা মশা শম্লা উমজদে
চেক্লা মশা ভেনবনা পামু মকম থোক্তদে ।
পুক্লিং নৈরাং নৈমন চনখি
থমোই নৈ.কান য়ম্না মনখি ,॥
,লাইনিং চেংপা মুখুনা থমোই-মুংদা কোক্তখি
পুক্লিং লিচিং কনবনা লাইরৈবাক্তা কংজখি ॥

—— ——

অথাপ্পা লম্‌গি কুমৈদি ওসি নৌনা নিংঝংদৈ ॥
নোংথায় ইচিক লোনবদা
তুমখুন মমৈ ৎইশ্রে ।
মুংশি শক্তম উজরুই
পামু লমদা নৈজরুই ॥

থোরায় পেম্না য়েংজবা
পুক্লিং থুংনা উজবা ।
মংগি কুমৈ ওইর্ম্মে
পাওশি লিথুন হলম্মে ॥

তোবৈ তরেং লঙনা
ইথাই তরেং থাগ্রেনা
কোকিল খোজেন থাওজ্রে
পুক্লিং মখোন হনজ্রে ॥

থমোই মুংদা য়েকখিবা
মাংবা কাওবা নৈতবা ॥

'মুংশি' পাওবু ছমক্রে
মালংবনা পুরক্রে॥

পুরিং য়াম্মা মুংশিজৈ
য়াংজ য়াম্মা নৌথজৈ।
অওরুগি কুমৈনি
অখোইবগি য়াথংনি॥

---

করি-মুংদা ফংগবা নিনো উপান মহৈদো॥
অহন নাক্তা ফমজরে
লাইফম কয়া কোইজরে।
উমং-মুংদা লৈকরে
মফম শাংনা খিজরে
মিচিক-খোন্দি তাদবা
তাইবং পাওনা য়োদবা।
উমং-মুংদা হংজরে
উরেন্দগু হায়জরে॥
তুরেন চাংজো মপান্দা
চিক্লা লেম্বা মফমদা।
মালংবগা উনরে
ইচেন্দগু হংজরে॥
ফংবা ওমক্রে পামুবা
উয়াখিক্রে নিংখিবা।

পা:ম্ন তুংদা থমজরে
নিংনা উপান কোঞ্জবে ॥

অহন থোজান মারক্না
রাজরুবা মুন্নুনা ।
মশাদবু ফংজখি
উপান মহৈ চুপচখি ॥

চিংদোন থক্কা হৌবিবা
করি উপান ওইগবা ॥

চিংনা লেম্না হৌখ্রে
তেংবানবনা উখ্রে
মশা মরেং ফনখ্রে
কায়দোংফম্বু ওইখ্রে ॥

হৌভম নাক্কা চৎচকই
কোইনা শাৎনা খিজকই ।
হৌভম মফম খুংজদে
উগি মক ফংজদে ॥

অহন য়াথং নিংসংজৈ
থমোই মুংদা পুসনজৈ ।
চিক্না চেৎনা কিসনজৈ
মুম্না রাখন তৌনজৈ ॥

চিংগি নাপোম হায়ৎবা
লম্বি অনি লৈরিবা।
উগি হৌফম ভ্রাকচরি
সোইদবনি খংজরি ॥

উমং লাইনা মপুনি
পাঙ্গন য়াম্না কনবনি
লাইরেম্বিগি মপুনি
লাইরেম্বিনা পাংবনি ॥

লৌথি থোইবা লম্বিনি
অতাওবগি লাংলৌনি।
লোকচপ তরুক কাগনি
চিংদোন তরুক লানগনি ॥

লম্বি শিবু নত্তনা
পুক্নিংতনা নিংদনা।
উপান মরু উজরনি
পরৈ অমুক হনগনি ॥

মপুনিংবা মনায়না
য়েংকা ওইগা পারদনা।
অহন ময়াথং ইনজরি
সিদ উপান তানজরি ॥



পুক্লিং মরা তপথরে
রাখন মঙং হোংজরে

পাম্বে লাংনা ফংবনা পামুলমজাও তানগ্রে
লমদাং লম্বি চুম্না লোইকম লম্বুং কগ্রে॥
লাইনিং চেৎপা মুম্না লাইগি থোজান ফজখি
পুকনিং চেৎনা নিংবনা লাইগি থোগন তৌজখি॥
লমদাং খংবা অহন্না তওনবু তাকপি'র
লংজখিবা মুম্না অহন যাথং কিজরি॥
অহন্নদি চানবিথি নহানদি খংখিদে
লাইগি থোংলৈ লাকপদি থৌজান্দুনি নিংশিদে॥

---

মঙং করি হায়গনি ?
মচু করি ওইগনি ?

অরাম্বনা মহাকনি, খৌরাংবনা পেনবনি।
ফম্বিনস্থ ফংখিদে, পাঙ্গননস্থ য়োখিদে॥
অথোইবদি অহুম্না, খংনফম্বু ওইরিয়ে।
খংনফম্বু খংবদি অমতনি হায়রিয়ে॥
ঈপুরোইদি ইবুঙো মঙং মতৌ তিনগ্রে
ইবুঙোগি পুক্লিংনা তেংবানববু ওইগ্রে॥

ওইজনিংঙি মনাইবু
ফংজনিংঙি মঙানবু॥

ঙিনজানিংঙি খৌর য়না
নিংজ'নংঙি পুরি'না।
উনরগা হায়জগে
তিনরগা পেনজগে ॥

চিংগি নাপোম উরগা
ইরং ইচেন যেঙগা।
নিং'সংজগে মঙংবু
পান্দমজগে সক্রুমবু।
খোইকুম মোমোন নোকচগে
হায়নিংবসু হায়জগে ॥

সুংশি মাইগৈ য়েংবদা
পা'মু লমদম নিংবদা।
মাইগৈ পাংনা হৌখিবা
মিৎয়েং তাম্না উখিবা।
উরি উপান সুংশিজৈ
সুংশি মাইথোং নিংসংজৈ ॥

ন্নারবগি মতমদা
উন্নু গিদি মযায়দা।
হরিনোংনাং খোংববু
ইরাও মথান তাববু।
থমোই ককা ইংজখি
পামু ফংজে নিংজখি ॥

---

ঈপুৱোইনা থৌজানবিয়
ননাই ওইনা পুসনবিউ ॥
ইপাক্তা তাওজরি
পাম্বৈবু খিজরি ॥
ৱারখা নচানি
লংজবা ননাইনি ॥
য়াথংবু ইন্দনা
লম্বিবু খংদানা।
লমহুকপা ননাইনি
ইৱাংদা তাওবনি ॥
করিদি উজনি
করিদি ফংজনি।
তৌজমন মহৈনি
ইহন্দা লৈবনি ॥
হৌজিক্তি মতমনি
চানবিবা মতাংনি
মিংয়েংবু তারিরো
থৌজানবু পিবিরো ॥
নিংসংবা কংজরে
চেংবু কোঞ্জরে।
লোনবু তৌবিনু
ননাইবু থাবিনু ॥

—:{ ** }:—